# ꯑꯩꯒꯤ ꯈꯨꯡꯒꯪꯗ ꯂꯥꯛꯂꯕꯗꯤ

# ঐগী খুঙ্গংদা লাক্লবদি

থৌদাম নেত্রজিৎ সিংহ




মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল
২০১৩

*Eigee Khung-gangda Laklabadi*, a collection of fiftysix poems by Thoudam Netrajit Singh, published by Thoudam Ongbi Geeta Devi on behalf of Manipuri Literary Society, Imphal-795 001, Manipur



অফোঙবী : থৌদাম ওংবী গীতা দেবীনা মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল, মণিপুরগীদমক ফোঙবা।

অহানবা ফোঙবা : ২০১৩

মখুম দিজাইন : বনধির কুমার যেন্দ্রেম্বম

মমল : লুপা ১৭০ (মখুম অপাবা)

লুপা ১৯৫ (মখুম অথাবা)



**লাইরিক ফংফম :**

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাউনা বাজার, ইম্ফাল

অইবগী য়ুম

লাইরিক য়োনবা দুকানশিং

য়াইরিরেন কম্যুনিকেশন্স (প্রিন্টিং দিভিজন), উরিপোক খাইব্রহ্মপুর, রীব তিকেন্দ্রজিৎ লৈকংথোং মনাক, ইম্ফাল-৭৯৫ ০০১, মণিপুরদা টাইপসেট তৌদুনা নম্মা।

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল নহা ওইবিবা অইবা অইৱী কযাগী খোর্জেলোলগী লূপ অমনি। মসি নহা ওইবিবা অইবা অইৱী কযানা খৃ: ১৯৮৬ তা লিংখৎখিবনি। ঙসিদি মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল অসি মণিপুরগী মনুং অমদি মপালগী অইবা অইৱী কযাগী তূংনফম ওইবে। সাহিত্য অকাদেমিনা শকখঙলবা খোর্জেলোলগী লূপ অমা ওইবতা নত্তনা লূপ অসিগী অইবা অইৱীশিংনা ইবা খোর্জেলোলগী ফজবা লৈবাং চাবশিংনা মণিপুরী লোলগী লৈকোলদতা নত্তনা ভাবতকী খোর্জেলোলগী লৈকোলশিংদফাওবা মকা ফন্না লৈশাৎ তন্নে।

লূপ অসিগী অইবশিংনা ইবা তোঙান তোঙানবা লাইবিকশিংদা লমদমসিগী খোর্জেলোলগী লূপ কযানা পীবা মনা কযা ফংখ্রে। সাহিত্য অকাদেমি, নিযু দিল্লীনা পীবা খোর্জেলোলগী মনা লূপ অসিগী অইবশিংগী লাইবিকশিংদা ফংলে।

খৃ ২০০১ দগী হৌনা মণিপুরী লোল অমদি খোর্জেলোলবু যোকখৎলিবা অইবা অইৱীশিংগী অফবা লাইবিক খনগৎতুনা লূপ অসিনা অইবা অইৱীশিংবু পূক্লিং যৌগৎপা অমদি ইকাযখুম্নবা উৎতুনা চহী অনী অনী কান্নবগা 'সেবাম মুক্তা মনা' পীদুনা লাক্লি। অসিদসু নত্তনা থা তকক তকক্কী ওইনা খোর্জেলোলগী চেফোঙ পুথোক্তুনা অইবা অইৱী কয়াগী খোর্জেলোলগী লৈচল শেম্বদা মতেং পাংদুনা লাক্লি। লোযননা মতম মতমগী ওইনা খোর্জেলোলগী সেমিনাব, ৱার্কশোপ, সিম্পোজিযম কয়া পাঙথোক্তুনা লাক্লি।

খোর্জেলোলগী লূপ অসিগী পান্দমদি---মণিপুরী খোর্জেলোল য়োকখৎপা অমদি মালেমগী খোর্জেকোলগী লৈকোল কয়াদা মণিপুরী খোর্জেলোলবুসু লৈকা ফন্না লৈশাৎ তমহনবনি। ঙসি সোসাইটি অসিনা মীয়াম

মাগুদা পুথোকচবিবা *ঐগী খুঙ্গংদা লাক্লবদি* হায়বা শৈবেংগী লাইবিক অসি সোসাইটি অসিগী অচঙবা মেম্বব ওইবিবা থৌদাম নেত্রজিৎ সিংহগী মঙাশুবা শৈবেংগী লাইবিক্লি। মশাগী ব্রাবীমচাগী লাইবিক অমসু পুথোকখ্রবা অইবা অসিগী শৈবেং কযাসু মণিপুবগী মপান্দা ফোঙবা লাইবিক অমদি হিন্দী, মালয়ালম, বাংলা অমদি ইংলিশ লোনগী চেফোঙশিংদা ফোঙখ্রে। লাইবিক অসি সোসাইটিনা পুথোকচবা ৭৯শুবা লাইবিক্লি। শৈবেংগী লাইবিক অসি পাবিনবা খ্বাই তবাগী খুৎতা শিন্নজবি।

শামুঙৌ থোকচোম
জেনবেল সেক্রেটবি
মণিপুবী লিটবেবী সোসাইটি

ইম্ফাল
১৪/১২/২০১৩

# অইবগী পূক্নিংগী ৱা

লাইবিক ফোঙদবা কুইবকপসি ইশাদা অচৌবা পোৎলূম অমনা অদুম নম্থদুনা লৈবগা চপ মান্নৈ। ইশানা শৈরেং ইর্জবি খঙনা খঙনা, মবক মবক্তা কবি সম্মেলন নৎত্রগা সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা শৈরেং খবা খবসু পাজবি, হাপচবি খঙনা খঙনা লাইবিক ফোঙখিদবা চহী ভবেং শুজিল্লকপসিদদি ইশানা ইশাবু ইদবা অইবা অমগুমনা হেক হেক উবক্কে তৌবকই। ইথন্নতা হেক হেক মঙলাক্লবকই। ওজা গুরু, অইবা, কবি, স্কোলারশিং, ইশুং ইমান্নবা অইবা কযাগী মমাঙদা ইঙকসে থাঙ্গৎপা ফাওবা ইকাযবকই। লাইবিক ফোঙবা, সেমিনার, ফঙ্কশন কযাদা চাউথোক্লা ৎশ্নফাওবা ঙম্লক্তে। সাহিত্যগী মগুণসি কনবজাৎনি, শৈরেংগী লীচিংসি মনৌ থাংবজাৎনি।

অমরোমদা পুন্সিগী থেংথাং থেংখাংসে অমত্তা মান্নদে। পুন্সিগী হৌজিনখ্রিবা মতমগী মতুংসিদা অহোংবা অওনবা কযানসু পীক থল্লকই। হৌখিবা মাঙলমচৎকী অকি-তুজ্রুংবনা থল্লবা, নীংশিংবদা তু চুংদুনতো লৈবা পুন্সিগী ৱাবী থৌদোক কযাদো নীংশিংবনা ইমাঙসিদা অদুম থেন্দুনা থাম্লবি। নোক্লুনা যেংই কাউথোকখো যাদে, কপ্পুনা যেংই নীংশিংনু যাদে। হৌজিকসু পুন্সি ওইনা যাওবি অদুমক ইশাসিদা। হিংবসে ফাগি অমুক্তা তৌদুনা পেন্না নোকচগে তৌবা শুকঙম ঙমদে। ফাগিনি খন্না হিংবসু শুকঙম ঙমদে। হৌজিক্লা অমুক্কা হেন্না লুশিল্লকই। হিংবসু লুশিল্লকই, পুন্সিসু লূশিল্লকই অদুগা সমাজ অসিসু। অকুবা মযামগী মবকসিদা ইশা অসে ইশা ওইনা, অইবা অমা ওইনা লেপচবা ঙম্লবা হোৎনবদা মীৎকূপ অমত্তা পোথাগে ঙমদে। পূম্নমক অসে ঐঙোন্দদি সাহিত্যগী অচৌবা মচাকশিং ওইবক্লি। ঙসিদি পুন্সি অসে ঐগী সাহিত্যগী, শৈরেংগী অচৌবা যাঙলেন শব্দনি হাযদবা ঙম্লক্লে।

মসি হায় হাযদুনসু ঐনা ঐগী সাহিত্যগী মীৎযেংবু খংপীক পীকশন্না,

কাখৃ অমগী ইতিহাসকুম খঙ্গবদি লৈতে। সাহিত্যগী পাক-চাউববা, খল্লিবমখৈ লোইবা নাইদবা, উবিবমখৈ ঙমখৈ লৈতবা অদুগুম্বা ঈপাক অদুদা পেন্না নীং-তমজবদুদি ঐসু খ্বাইদগী পামজে।

লাইবিক অসি খুৎই ওইনা লৈবিগুদা হবাও হবাও পাবিদুনা থম্মোয়গী ওইবা রা খবদং ওইববসু হায়বিবকখিবা ঐগী ইবাই ইবুংঙো কবি য়ুম্লেম্বম ইবোমচা অমদি ঐগী নুংশিজববা মকপ কবি নাওবেম বিদ্যাসাগববু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি। লাইবিক অসি ফোঙননবা হোৎনবদা শেলগী মতেং খবা খবদং ওইববসু পাংবিবকখিবা নুংশিজববা ইয়াম্বশিং কবি রঘু লৈশাংথেম, দোনেশ্বব কোন্সম, চিত্তবঞ্জন ওইনাম, অইবা দা শামুঙৌ থোকচোম, অইবী ইচে মায়া নেপ্রম, মকপ বিদ্যাসাগব, ইনাও কবি ও সি মৈবা, লেনিন মীতৈ, নুংশিজববী ইচল শ্নোলাব অনী ব্রাহ্মেংবম কুমারী, লোংজম সঙ্গিতা অমদি অতৈ মকপ মপাং পূম্নমকপু ইকায় খুম্নজবি। লাইবিক অসিবু মণিপুবী লিটবেবী সোসাইটি, ইম্ফালগী মখাদা ফোঙবা য়াহনবিবগীদমক সোসাইটিগী মেম্ববশিংবু থাগৎচবি। লাইবিক অসিগী মখূম য়েকপিবকপা অমদি ঐগী মাঙগ্রবা শৈবেং 'পুন্সিগী মশক'পু থিবিবক্তুনা লাইবিক অসিদা য়াওবা ফংহনবিবগীদমক নুংশিজববা অইবা বনধিব কুমাব য়েন্দ্রেম্বমগী লমন তোনশিঙ্গবে।

অবোইবদা, ঐগী পুন্সিগী থবক থৌবম কয়াদা লোয়নদুনতা লাক্লবা নুংশিববা মকপ ইমোজীৎ নিংঙোম্বমনা লাইবিক অসিবু মকপকী য়াইবিবেন কম্যুনিকেশন্সতা নম্বিদুনা লাইবিক অসিগী প্রুফ পাবিদুনা অচৌবা থৌদাং লৌবিবগীদমক ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি। পূম্নমক্কী মতেংনা লাইবিক অসি ঐনা মীয়ামদা শিন্নজবা ঙমজবিবনি।

লমদেং          **থৌদাম নেত্রজিৎ সিংহ**

দিসেম্বব ১৭, ২০১৩

# য়াওরিবা শৈরেংশিং

# কিরবা অহীং

অহীং খূদিং অকিবগী থৌবীনা
কোইযেৎ কোইযেৎ যেৎশিন্দ্‌না চ্রা নৈ
কোর্যাচং চিংই ঐবু
অমম্বদগী অমম্বদা।

অহীং অমত্তা তূম্বা ফংলক্লে
তূম্বা য়াদ্রবা অহীংগী পবেং
ওইবে ঐগী পুন্সি।

কোযচিং চিংলিবসিবু
তূন্লিবা ঐগী ইচাশিংনবা
ঐগী নুপীনবা
নৎত্রগা তূম্বা যাদ্রবা ইশামক্রবা'?

নাকোংসিদা তাবি
চ্রীক চ্রীক কুক কুক
থোঙনাও অহোবদা উবিবা উপাল ব্লাপালশিং
ফেবে ফেবে হাইবি
ব্লাববা হকচাংশিংনা হাইবগুম।

ইচাশিংদুবু তূন্নিব্রা?

পুন্সিগী তঙ্খায় চল্লকপা মীৎকূপসে
ওন্থোক্লসু মমখ্রেদা
নঙ্থবক্লিবা পোৎলূমসে
ওন্থোক্লসু লূমখ্রেদা।

পুন্সিনা ঐঙোন্দা নঙ্থবক্লিববা
ঐনা পুন্সিবু মমহল্লিববা?

## পুন্সি

পাক্লবা চেবাং অমদা
পুন্সিবু হঞ্জিন হঞ্জিন যেক্লি ঐনা।

কুইবক্লে
কলমগী মূকসু লোইবক্লে
মপূং ফাবা সুকঙম ঙমদে
হেন্না হেন্না মানশিল্লক্তে পুন্সি।

ঐগী বাখলসে পুবা থাংবা ঙমশিল্লক্রে
অঙাওবগুম।

চেবাং অদু শুক শুক নৈশিন্দুনা
লংথোকখি লাপ্না।

লংথোকখিবসিনবু
পুন্সি মাল্লে।

## বন্দ

বন্দ অমা ত্রোং ত্রোং ওস্থবকই
শহ্‌ব ময়াযদা
খবব নৎত্রগা বেদিও টিভিদা নপ্লদুনা।

শহবগী থোঙ থোঙনাও পূন্নমক
লোনশিনখি গম গম।

শাংখ্র-শাংখ্রবা লম্বীশিংনা
ওনখ্রি অশিবা।

লায়ববী অমা
ঙ খোংনা কপ্লকই
মচাশিং কোল্লদুনা
আ অথাপ্লদা
খুঙ্গংদা।

শহ্‌বগী
লোনশিল্লিবা থোঙ থোঙনাওগী
কানুংশিংদা
মকম কোনবী শান্নবি

পেন্না।
মচা ওল্লি শকহেল্লবীশিংদগী,
ওল্লবা মচাশিং
মশ্যা খপ খপ্তুনা পাইথোবক্লি
থোঙ থোঙনাওশিংদা
চেন চোংলি হাঙলবা ষ্ট্রীটশিংদা
গলীশিংদা।

বন্দ মনুং
শহবসে
ট্র্যাফিক জাম ওইবি
ৱাজবে ঐখোযগী পুলিসশিংসে
বন্দ অমমুক শেন্নবদা।

# দিমোক্রেসি

দিমোক্রেসি
লাৎতুনা থল্লক্লি
চহী কয়া শাংনা
ঈশ্বর নৎত্রবসু ঐনা।

শন্দোক্লি মতিক লৈনা
চাওখৎপা
খুৎশেমগী ফজবশিং
নীংথিববা মহৌশাগুম
ঐগী কোংও।

ঐ পেন্না হবাওজে।

লৈবাক অসি চাওখৎলে
ঐগী লমদম চাওখৎলে
ঐহাক চাওখৎলে।

দিমোক্রেসি
পাক শনখ্রবা অতিযাগি
জাতিসিদা

ঐঙোন্দা।

নোংমা অথেঙবা নুমিদাং অমা
যূম হল্লকপগী লম্বীদা
জাতিগী ঈশৈ শক্লুনা
হল্লকখি হবাওনা,
অসুম্না নোংমা কযা হল্লকখি
অঙনবদা অথেঙবদা।

খঙহৌদনা
মখোল অমা ঐঙোন্দা যাওনা পাইশিল্লকখি
যাম্না যাওনা
ঐগী কোক্তা
নোংমা।

নুমিৎ অদো
ঐখোযগী জাতিনা নীংতম্না যংখিবা নুমিৎ অদুনি।

# মণিপুর মেপ

মণিপুব মেপ অমা
ষ্কেন তৌদুনা হাপচিল্লি ঐনা লেপটোপতা।

কয়াদি ফজবে চীং-তম।

মেপ অদু থাগৎখি ঐনা ওন লাইনদা।

ওবাং ইমানা ঐঙোন্দা পাখৎনা হায
হন্দক মবকসে চীংদা শা-কৈ যাম্না খোংই
তম্পাক্তা কূম্নক্কদবা মাল্লি
থোঙ চেৎনা চেৎনা লোনশিল্লু তূম্বদা।

তম্পাক অমসুং চীং
হঞ্জিন হঞ্জিন চেক তৌদুনা য়েংই।

চবাঙনববা লমদম অমা
মিপাইববা অহীং অমা
সেভ তৌশিল্লি ঐনা লেপটোপতা।

পূম্মম মমখ্রে কম্প্যুটব স্ক্রীন

মণিপুব মেপ।

ঐনা খল্লি
ইমাগী ৱাসি লৌবা যাদে
চীংদা শানা খোংদনা কদায়দা খোংগনি?

তম্পাক্তা কবল্লা কৈনা
যূমগী যূমশা ওন্দুনা শান্নগদগে?

চবাঙনববা লমদম
মিপাইববা অহীং অদু
দিলিট অমুক তৌথোকখি।

শেংনা অমুক থোবকই মণিপুব
মণিপুব মেপ।

## অহীং নৎত্রবসু

নোংজু কযাদা পকখিবা
নঙগী হৌকচাংগী নোংলীক
থাবলগী মঙালদা তথকত্লবা
নঙগী মায়থোঙগী ঈথক
ফাইবেন থাদা হুল্লকখিবা শল্লাং
উরু উরু
ঐগী থম্মোযবু লৈশিনহন্দুনা।

বসন্ত ওইববসু ওইদ্রবসু
খাঙবা ঙমদে
নঙগী নুংশিবগী ইব্রায ইনিলনা
ব্রোং ব্রোং শৌবে থম্মোযসে
নুমিৎ খুদিংগী।

চান্নবী
নঙগী ঈংলবা থম্মোয়গী থনুংদা
চেৎনা কোনশিনবিবো ঐবু অমুক্তা
অহীং নৎত্রবসু।

# মখোয়গী মীনোকশিং

চহীনা লূমথবক্তিগী
পুন্সিনা অসুম তেকথবক্লি
অমনবা খাঙপোক ওই ইকোকথকসিদা।

ঋাখলগী মবোল মবোল নাইববা চেনাশিং
আশাগী ঋাংখৎখ্রবা তেলঙ্গাশিং
কোয়লৈ কোযলৈ
অকনবা নুংশিৎনা
হুমদোকখ্রি অসুম ইকুম ওইনা
থম্মোয়নুংদগী
মক্ন ফূকখ্রি মঙলান যাওনা।

ঐগী নুংথিল পোবোপসে
ফজৈ কবম হাযখিনি?

খুন্তাক লানশিববা অহীং অমা
অকি তুজুংলবা শক্তম অমা
মীৎমাওসিদা শান্নবি ঐহাক ওইনা।

ঐগী নুপী

ঐগী ইচাশিং
হৃযদোকপিখ্রবগে কবম্বা নোংলৈগী অহীংদা
ঊনা ওইনা
শীৎলিবা নুংশিৎসিবু ইথন্তগীবা
ঊনাশিংদুবু তাঙ্গোয় ওনখ্রববা?

তাঙ্গোয়না পুন্সি ওইবা যাববা?

মখোয়না হবাওজখি
যেন্নীংথা লাক্লগা শান্নগনি নীংতম্না
ঐগী অতিযাদা।

মখোয়গী মীনোকশিং
ইপোম হৌবিবসে
কবম্বা অহীংদা কবম্বা নুংথিলদা
থিংগদগে ঐনা কবম্না?

## লৌবুক অমসুং লৌমী

নিংথমগী লমহাঙদা
মথা লোংথোক লোংথোক্লুনা অশিবগুম তাবি
লৌবুকশিংনা।

ত্রৎ ত্রৎ চিংশিল্লবা উনগী ফৈজূপ্না শূপচিল্লকপদা
কংশিনখ্রি তুখোঙশিং।

মশা নাববা নুমিৎকী
মৈশা মবক্তা
থব্রায়না তিনখিবগুম
মাঙখি
উনগী ফৈজূপ।

কোগোক অমুক কোকই লৌবুকশিং।

ষণগাউীগী লূল্লবা কাংখোঙনা
নুংশিহৈতনা থম্বিবল্লবা দাগফমশিং
মশীং খঙদবা মযিশিং
অশীৎ অৱাম্বাগী কল্লবা নুংশিৎ অমুক লাকপদা
চেৎখায়বকই চ্রেৎ চ্রেৎ

হকচাং খায়বোক খায়বোক
নোংজুথা লাক্লিউঁ।

নুংশি হৈতেদা লৌমীশিং
কবিগী লংথোক্নুনা থম্বনো
কুমজা তংখায় অমবু
নশাগী ইতিহাসপু
লমজাগুম।

নখোয়না নুংশিনা থোনবিবা
মহৈ মবোংগী শংলবা ফিজোলতবু
ঙাইবিনে লৌবুকশিংনা
উনখা নুংশিৎ মবক্তা
কুমজা চূম্লগী ওইননবা।

## পাইখ্রবা থব্রায়শিং

সেক্রেটবিয়েটকী কোলুনা চপখাযবদা
ফদি শাববা খুঙ্গংগী লম্বী থোংশিং
লোযশঙ মচাশিং
মিবাং ওনখ্রি।

কোলু চিংহল্লিবা ষণ পাবেংশিং
ষণবী শন্নাউশিং
মনমগন্দা হাইথবক্লিবা শাজৈগী চৈনাশিংদা
য়াওবক্লিবা অব্রামল
চাকলূক কয়া ফংবগে নোংমগী?

খুলগী যুমথোঙ যুমথোঙশিংদগী
মবূক হাপ্লবা পুন্সি কযা
পাইখ্রি লম্মাঙনববা উচেক ওইনা
লৌবুক লমহাঙশিংদা।

## ইশাইফৃ

ঐগী থম্মোযগী ইশাইফৃসিদগী
নুংতিগী থক্কি ইচাশিংনা
নুংশিবগী ঈবীক।

ইচাশিংসে কযাদা ফজববা
উজাউগুম্না
চীংজাউগুম্না।

মখোযনা হাযবিনে
খুল কয়া শন্দোক্কনি পাম্বোমতনা
নোংলৈ নুংশিং খনগনি ইনমগনতনা।

ঐবু কবম্না হবাওবোইদগে'?

ঐসু থক্লকই মখোয়গুম পাবাগী ইশাইফৃদগী
নুংশিববা ঈবীক
খৌবুম থন্না।

পাবানা হায়বকই
ঈচেলগুম্না যাঙউ

ঈপাক ওইয়ু।

ঐনা ঈচেল ওইবিঙে
পম্বুং ঈপাক তাদ্রিঙৈ
পাবানা চৎখি নোংচুপ চীংলোমদা
ৱাকয়ে হি তোংদুনা
নোংজাবীগী ঈথক্তা।

নোংচুপ তবং মালঙদা মুশি মুশি
নাইতোম থোক্লিবা থৱানসিবু
ঐগী পাবাবা?

পাবাগী ইশাইফৃগী নুংশি ঈবীক
থক্লি ঙসিসু ঐনা
নীংশিংবগী ফিজং মকমদা।

ঐগী থম্মোয়গী ইশাইফৃ কংদ্রিনে
অমম য়াইথোঙ কৃমখ্রবসু
পাবাগী নুংশি ঈবীক্তনা
থূন্নিনে থম্মোয়সে।

নুমিৎসে
নোংচুপ চীংদোন য়ৌখবে
অমম্বগী সনবিক পবেংনা

কৌবিনে ঐবু লাক্লো লাক্লো।

অদুবু ইচাশা!
কংবা লৈবোইয়ে ঐগী নুংশি ইশাইফূ
থকখো পেন্নবা থকখো
থম্মোয থম্মোযদা নুংশি ঈপাক শেমহৌখো।

লোইবা নাইদ্রবা খোঙচৎ

পুন্সিগী মথংদা পুন্সি
থব্রাযগী মথংদা থব্রায
কংবা নাইবোইনে ইশাইফূ।

ইপা ইপুগী নুংশি মীবেলসে।

# চীংশাংশিংসে

চীংশাংশিংসে
ঙসিদি ঐগী মীত্তা উবকই।

থেক্কোই নাকোই কোয়শিল্লিবা লীনশিংগুম
মমীৎ ইবং লংনা পাঙদুনা
কবিগুম্বা অমা লাক্কদবগী তাঞ্জা লুল্লিবা।

অমুকসু চীংশাংশিংসে
ঐগী মীৎত্তা উবকই
ৱাংলবা জেলগী চেকপল পবেং পবেংগুম
মনুংদা ফাদোকশিংগী নৈফম।

উবকইনে অমুকসু চীংশাংশিংসে
মোংফম পবেং পবেংগুম
ঐগী ইপা ইপু, ইমা ইচাশিংগী
অমদি ঐগী।

নত্তে নত্তে ওইয়ু চীংশাংশিং।

থৱায় মিবেলশিং ঙাক্লনবা পল্লোন পল্লোন

য়েক্ল মায়োক য়ানবা লানবন মবোল মবোল।

ওইয়ু ওইয়ু চীংশাংশিং

অরা পন্দোম লোন্নকপদা থৌনা ঊবীক খীকথকম
লন্বী লম্মাঙনবকপদা মাযকৈ তাকপা লুচিংপুবেল।

মহৌশাগুম
মৈহৌবোলগুম।

## ফমুং অমদি মোংফম

নিংথমথা।

হকচাংদা য়েববদা নঙনা
খঙজৈ ঐনা বন্দী ওইবেনে অমুকসু
খোঙ অনী, খুৎ অনী
পার্কিসন লায়নাগী কল্লবা থৌবীনা চেৎনা লাকশিনখি।

লাউনা খোংনা চেল্লম্বা ঈচেল অমা
লংলাগুম পীকশিনখি
অদুগা লংদুম অমগুম
তুম্পক তাশিনখি শুক শুক নৈশিন্দুনা।

ইমুংগী কাদা
কাগী ফমুংদা
নুমিদাং খুদিং
শাগন তূফাং খপ্পা পাইবা ঙমদ্রবা
মশা তেল্লবা উচেক্কুম।

ইচাশিংনা চেন চোংলি ফমুংগী অকোযবদা
শান্নবি অঙ্গাংববু শীংনদুনা

মখোয়সিবু শান্নবিব্রা
ঐগী ইতৌদা কপ্লিববা?

ত্রৎ ত্রৎ চিংশিল্লবা উন পুবা নুংশিৎনা
থোঙনাওগী অহোবদা
নাশোন পীক্লা হায়ববগুম তৌবি
কবিনো খঙদবা ব্রা অমা।

মসিবু অশিবগী ব্রাবা?

পুক্সিগী লৈচীলসিবু
অসুম থাজিল্লক্লববা
পুক্সিসে উন মতুম ওইবক্লিববা?

তম্না ঙমদ্রবা অব্রাবতনা
নুমিদাং খূদিং
খাঙলিবসিবু
ফমুংদবা
মোংফমদবা?

# ঐগী কোক্তা পৃথিবী মচা অমা

ঐগী কোক্তা ফজববা লমদম অমা যাওবি।

চীং পাৎ তুবেল
যেন্নীংথা নাকেন্থা, লৌবুক লমহাও
নীংথিববা মহৌশা অমা
শন্দোকখ্রি তাম্না তাম্না, থাপ্পা থাপ্পা।

চওশিনবগী লোইবা নাইদ্রবা
খনবা উবগী পনখৈ লৈত্রবা
অয়ূক
নুংথিল
নুমিদাং
মতমগী চক্রনা কদ্রক কদ্রক।

পৃথিবী মচা অমা লেপ্পা নাইদনা উর্গে, ঐগী কোক্তা।

অতিয়া অমগীদমক
লৈচিল থরানশিংগীদমক
কবিগী খ্রাকুগদগে'
অনৌ অপেনগী অথেনপোৎতনা শীক থল্লি মালেম লৈশাসে।

কদায়দনো?

ঐগী ইখৌ লাংলম্বশিং, পল নমখায়দুনা চেন্থখিবা
কবন্বা নোংলৈ নোংজুদা য়াওখ্রবা
কল্লক খম্বনবশিংনা।

ঈচেল ঈবাওখোল
ইব্রাই ইনিল পূম্বা ঈপাক তম্লিনে।

মহৌশাসে মপাল ফবিনে।

কদায়দনো
ঐগী মাযথীবা পূম্বনা চেনখিবসিবো
অবানবশিংসিনা লোৎখিবসিবো।

পৃথিবী মচা অসে মপূং ফাবিনে
অনৌবা কবিবু পামখিগদগে?

# লৈকংলারা লোক্তাক্লা?

কৈবুলগী শঙাইবা?

ফোবেষ্ট দিপার্টমেন্টকী কা কাগী ফক্লাংদা
থৌবী য়াল্লিবসিবু।

মোইবাং খোবী কৈথেলদা
কুম্বী তেবা খাদা
তেংথাবিবসিবু অথেঙবা অহীংদা
মমা কায়নববা শঙাই মচাবা?

নোংঙাল্লমদাই
অতিযাদা তগুপ তগুপ
নিংথৌ তুবেলগুম মবী মবী
চাক্তাফম লৈত্রবা ঙানুথঙ্গোং উবোর্কশিংলা?

পৃথিবী মচেৎ অমা
মশুং মশুং কয়া থোক্লা
চেৎখায়বক্রে
মসিবু লৈকংলাবা?

নত্তে লোক্তাক্লি।

## গুদ মোর্নিং মণিপুর

নোংপোক চীংদোন্দগী
মণ্ডালগী লীকলু চাইবক্লি।

চীংশাংশিংগী ভৌববা থবাক্তা
সনবীক পবেং থোল্লি।

তবাববা লৈচীলনা
চীংদোন চীংদোনগী কোকখুমফি ওইনা
মৌ অনৌবীগুম
লোন্নবক্লি খৃৎ

গুদ মোর্নিং মণিপুব।

থেক খোয়ববা
শাংলবা লম্বীশিংদা
যণ্ড যণ্ড গাড়ীশিংনা চেনখৎলক্লি
থরায় ময়াম
উখ্রুলদগী
মাওদগী
চান্দেলদগী

কল্লবা ঈগী ঈচেলনা
ব্রেন তম্না চেনখৎপগুম
চুড়াচান্দপুবদগী
তমেংলোংদগী
আ! ইম্ফাল
নহাক তল্লক্লি
পুক্সিগীদমক
হিংনবগীদমক।

ইম্ফাল
কবম্বনা খূৎনো
খোঙনো
কবম্বনা থবাক্লো
পূক্লো
হঙ্গৎ হন্দা মবী মবী
মীনোক ময়োম ময়োম
মথা মথা নুংশিবনা
থম্মোযশিংগী ফিগাউদা।

শহবসে
ইমানি পূম্নমক্কী
খোম্লাং ইল্লিবা
কনানা হনখিবগে পূক পেন্না থক্তনা
লোইবী চীংদা

চীংনুং মান্নুংদা
তমদা
লোইজি লোইয়াদা।

থবায় কয়াগী মীনোক
মীনোক কযাগী মবীসে
শাংলবা শীংলি নাউবীনি
হকচাং অমখক্তংগী।

অদুনা মোমোন নোক্লুনতা লৈ
শহবসিনা
অযূক্কী মায়থোঙদা।

২

শংবান্নববা চীংশাং পবেং পবেং
নীংথিববা খুঙ্গং মবোল মবোল
থেন্দুনা লৈবিনে
ইমাশিংগী লূকমায়দা।

ইমাশিংগী লূকমায় পবেং পবেং
শাংলবা থবায় পবেংগী
লৈ পবেংনি
ইম্ফালসিদা।

হূক্রো হূক্রো ইমাশিং
শাংলবা লৈ পবেং
থাংজীং চীংশাংদা
কৈমায় চীংদোন্দা
মাও মবাম
শিবোই চীংদা।

## হৈথা-পোথা

লৈখোম লৈনাংনা থীংলবা
পাক্লবা লৌবুক্কী ঈশিংদা
চাবা অমদগী চাবা
পাম্বী অমদগী পাম্বী
মথং মথং লিংলিনে।

মখোয়সিবু
য়ূমদোনপোক্তা লৈহৌবিবা
ইচাশিংদুবা
ইথানুংদা পমদুনা খোল্লাং ইল্লিবা?

অনৈবা ঈশিংদা
মমি শেংদনা তাবিবা
অল্পা-মায়থোঙ
কবিগী পাখৎচবনো
নমদা কনাবু পোবিবগে?

খুন্দোন্দা তাবিবা মীকপসিবু
খোল্লাং লাম্বগী মীকপ্পনে
চবাম চদৎনবগী মৈশাবা?

খূদাপ খূদাপ পায়দুনা
লৌবুক শীনথুংনা লিংলিবা
লৌহোনশিং
কনাগী থৱায়নো'?

হিযাঙ্গে পোইনু লাকপদা
লৌবোকথাগী লৌবুক্লা
সনাগী ফিগে থোল্লকপদা
কপখিদ্রনে পীক্লিবা নখোয়না
খুলগী খুন্দোন্দা
থোঙ্গালগী মচীন্দা
নমাবু হল্লকপা ঙাইবদুনা।

থেঙলক্লে
নুমিৎনা চীংদোন্দগী কূমথখবে।

লাক্লে লাক্লে ইমাসু।

নখোযগী নিংঙাই থেম্লনবা
চবা নোংখন্ননবা
পুবক্লেনে ফিজিন্দা কিবদুনা
হৈথা পোখা
ইম্মাগী থৱায়
লৈখোম লৈনাং ইতৈ তৈ।

## নুমিদাংব্রাইরম - ১

শান্নবা চৎখিবা ইচাশিং
কৌশিল্লি ঐনা খূৎ খল্লদুনা
মমশিল্লকপদা।

নোংচুপ চীংদোন্দা
অঙানববু লৈই চিংশিনখ্রি
অঙাংবা ঈনা।

অয়ূক্তগী পাইথোকখিবা
ইংখোল মতোন তাইবেন পাম্বীগী
উচেকশিংদুবু হল্লকখ্রব্রা?

## নুমিদাংব্রাইরম - ২

মপী কাযনববা শন্নাউ অমা
হেংলি
কোয়থুং থুংনা লৈবক কোঙ্গাং।

অথাপ্পদা তাখি নাহেখোল অমা।

ব্রজ তাখিববা অহাঙবা অতিযাদা
লম্মৈ চাকখিববা অথাপ্পা চীংদা'

# পোত্থাগনি নোংমদি চীংখোঙদা

নোংমা ঐনা চৎখি
শাংলবা খোঙচৎ অমা
চীংয়াংগী থেক খোয়ববা লম্বীশিংদা
চীংনুংগী তাম্লবা নাপোমশিংদা
লোইবা নাইদ্রবা শুকং
মতোল লোমদ্রিবা চীংদোন
পুক্সি লম্বী ওইনা।

পুক্সি
মবোল নাইববা নঙগী শাংলবা খোঙচৎ
তনীক তনীক্লবা থেংখাং থেংখাং
কয়াদা মান্নজবিবা অনীসে
ঙসিদি।

থেক খোযববা লম্বীশিং
লূ-তোংগী শীংলি নাউবিগুম ঐগী
খোয়দৌগুম্না লুথখ্রিবা লোকনুংশিং
লাইবক্কুম তোংখৎখ্রিবা চীংমায়শিং
মসিবু ঐগী হকচাংনি কবম্না হাযবোইদগে?

ইমানা ঐবু নমদা পো
নুমিদাংবাইবম কয়াদা
চীংনুংগী হবি ঈশৈ শক
চীংশাংগী নীংথি বাবী লী
চাউবকখি অসুম ঐনা।

চীংথক্তা পাইবকপা লৈচীলশিং উবগা
কাউগনি কবয়া ঐনা মহৌশা?
চীংলক্তা খোংলকপা হবি খোঞ্জেলদা
কাউগনি কবয়া ইমাগী খোঞ্জেলবু?

ঙসিসু চৎলি ঐনা
মহৌশাগুম
শাংলবা খোঙচৎ অমদা
পুন্সিগী থেক খোয়ববা লম্বীগা
চীংশাংশিংগী থেক খোয়ববা লম্বীগা
পূনশিন্নবদুনা
চীংজুমগী লাইজনা ইশা অসে চামথোক্লদুনা
চীংমাযগী নুংশিংনা ইশা অসে তেকখৎহল্লদুনা।

পুন্সিনা লূমথবকপগা
থরায়না মম্থবকপগা
থিবক্কনি ঐগী হকচাংনা
চীংখোঙগী ঈংলবা পোত্থাফম।

ঈংলবা মালঙবা
মন্নি মন্নিববা নুম্মিদাংব্রাইবম।

লমশাং চৎপদা ব্রাকববা ঐ
ইকোক অসিনা মোনখাংনা চীংখোঙদা
হকচাংনা তম্পাক্তা শাংনা তিংথোক্তুনা
পোখাগনি
শাংলবা অহীং
অমুক
অনৌবা অযূক অমগী।

# ঐগী খুঙ্গংদা লাক্লবদি

কবি

ঐগী খুঙ্গংদা লাক্লবদি নঙনা

থেক খোয়না চেন্থবক্লিবা লুবাংঙী তুবেলগী মথাদা
কোনশিনখিনি
তোর্বানগী উপাল-বাপালশিংনা
ঙাখু থেংথুবক্কনি কয়াবক নঙগী হকচাংদা
হবাওবা ফোঙদোক্লদুনা
মদুদগী নশা খীং খীং লাউনা
চেনশিল্লকপদা নঙনা খুঙ্গংগী লম্বীদা।

লম্পাক্তা শজীক চাবিবা ষণবী শন্নাউশিংনা
মঙক থাংগৎ থাংগৎতুনা
মো মো খোং খোংদুনা তবাম্না ওক্কনি,
নুংথিল পোবোগ্তা শান্নবদা বাববা
হুমাংগা লৈখোমগনা মচু শঙলবা
অঙাংশিংনা
লম্পাক্তগী চেনখৎলক্লুনা
লম্বী মপানদা হৌবিবা অচৌবা খোংনাংগী মখোঙদা
নঙগা পূন্না পোখামিন্নসি হায়বক্কনি।

অঙাংশিংনা
নওগী শৈবেং অমা পাবকউ হাযবক্তুবসু
খোংনাং মনাগী তুপী অমদি শোয়দনা শাবক্কনি
নওনা হুমাং শৌদনবা।

অঙাংশিংগা লৈথোক্লিবৈঙে
নওনা খোংনাং মনাগী তুপী উপশিন্দুনা
শান্নবিঙৈ
নুমিৎনা নোংচুপ চীংদোন যৌখিবা খঙহৌববোই।

নুমিদাংৱাইবমগী
সনা মচু চঙলবা নুমিৎকী মশেক মঙালনা
খুলগী নোংপোক পনঙাক্লিবা
লাঙ্গোল চীংগী চীংদোন চীংযাযদা
সনাগী লীক্লম পবেং থোল্লববদা
খোযবাংজববা নওনা
শোয়দনা চৎকে হাযবক্কনি চীংযা চীংখোঙদা
শনজেন্নহাগী তৌদ্রি খোঙ্গেল তাহৌননবা।

খুল্লক্কী লম্বী ফাও ফাওদুনা
নওনা চীংয়া তম্না লাকপদা
তুবেলদগী ঈশিং শোকপা কাবক্লিবী নৈশাবীশিংনা
ইঙাও ঙাওজবী তথকপী মীৎচি মীৎয়েংনা

তেঙৈ ওইনা কাপ্পকনি,
নঙনা তেঙৈদুবু
নুংশিবগী শৈবেং ওহোকখিবসু য়াই।

হেন্না ইকায়বক্কুনা
নঙনা চীংয়া য়ৌননবা চেল্লকপদা
খুল্লকী লম্বী তল্লক্লিবা
লৌকাবক্লিবী মৌনহাশিংনা
মখোয়গী ফিজি ফিজিদা কিবক্লিবা
হৈথা পোত্থা চাখো শোযদনা হাযবক্কনি
অতিথি অমা থুংলবগী সেবাদা
খোং মপান্দা ঙাইহাক ফমখিসি হাযবক্কনি।

কবি
মহৌশাগী লমদমদা লাকপদা
মহৌশা ওনখিদুনা
নৌহৌনববা নঙগী থম্মোযনা
মৌনহাশিংনা নোক্লকপদা
নঙনা কবম্না নোক্তবা ঙমগনি
নুমিদাংব্রাইবমদুদা।

লৌখোঙশিংগী ঈশিংনা ত্রোং ত্রোং চেহুখিবগী মখোলদা
উথুম উবেনকোম্থৌশিংনা খোং খোংদুনা পাইখিবদা
নঙগী থম্মোয়না পোত্থাবা ঙমদ্রদুনা

ফৃক হৌগৎলকপদা
নঙগী মীৎকী মীৎলমদা
উবক্কনি পাক-শন্নবা
চীংখোঙ তম্না শন্দোকখিবা শংলবা লৌবুকশিং।

লমহেন্নবা অঙাংগুম
নঙনা লৌবী শম শমদুনা চীংযা পাংলকপদা
নৌবিবা ফৌনাশিংনা পবেং পবেং হৌনবদুনা
নঙগী ফিনাদা য়ান্নবা হোৎনবক্কনি
মদুদা পাখৎচববা নঙনা
লৌবিয়াদা শীৎথদুনা তুশিন্নবদা
লৌবাং শৃকুবা নুপ্যাশিংদো তৃমিন্না নোকখিবসু য়াই
ইকায়মল্লদুনা
লৌখোং মপান্দা ফম্মিন্নবগ্নী মৌনহাশিংদো
উখিবজাৎলা হায়না
তাম্না য়েংলকপসু যাই।

কবি
মঙালনা নোংচুপ চীংদোন্দা খোঙ থাংথবক্লবদা
নঙগী থম্মোয়গী ঈথক-ইপোমদি
অসুম হেনগৎলক্কনিদো
শনজেন্নহানা তৌদ্রি খোংনা খোংনা
শন্নমগী লম্নী মচাদা ষণয়াম হোইগৎলকপদা
নঙনা কবয়া তৃমিন্না লেপ্পুনা লৈগনি।

লাঙ্গোল চীংদোন্দা
কুপ্লিবা
অঙৌবা লৈচীলগী পাববা ফিজংনা
অসুম মুশিল্লকবদা
চেন-চোংদুনা শান্নবম্বা পুক্সিনা
অবোয়বদা মমশিল্লকপগী
নুংশিবা শক্তম
নীংশিংলক্লোইদ্রনে।

চীংযাংদা শঙ্গু শঙ্গু পাইবম্বা উবোক পবেংশিংনা
কদোমদা মাঙখ্রিবা
লোকচাও লান্না চেন্থবক্লিবা লোক্কী ঈচেল মখোলনা
মমশিল্লক্লগা মযেক শেংলক্লিবা
অকি-তুজুংবগী মীকপ-মীবাওখোলগুম।

কবি
তুম্পক তুম্পক লেপ্লিবা খুল্লক্কী য়ুমশিংদগী
মমাশিংনা মচা কৌশিল্লকপগী
শেংফাত্তবা খোঞ্জেল তাবকপদা
নীংশিংলক্কনি য়ুম
হনম্রগনি খোঙলৈ থুনা অমম্বনা কুপখিদ্রিঙৈ।

নুংশিববা কবি

নওগী থম্মোয়দা মসিমদি খল্লগা চৎলোইদ্রনে
পুন্সিগী অশেংবা মশক্তি
খুঙ্গংদা লৈ।

## ঙসিগী অহীংসে

নুংশিববা মরূপ
ঙসিগী অহীংসে কযাদা নুংঙাইববনো
থাবল থোক্লবসু
মবমদি
ঐখোয় অনীসে ঙসিদি নোকমিন্নবি হবাওনা।

হয়েংদি?

তম্না ঙম্নগে কনানা
পুন্সিবু কবম্মা শায়কুগনি ঐনা।

হায়বা ঙম্মনে
অতিয়াদা পাইবিবা লৈচীলদা
পুন্সি কয়া কযা খাঙহুথক্তা কেমদুনা য়াওবল্লোই হায়বা
তম্না ঙম্মনে
থবায়না চোইনা শন্দোকখিবা লমদমদুদা
নঙ ঐ য়াওবল্লোই হাযবসু।

অদুবু!
ঙসিদি য়াম্না নুংঙাই
নঙ ঐ নোকমিন্নবিদনা।

# ইরমদম

নুংশিবগী লীক্লম হাইদোক হাইদোক্লুনা
ঐগী থব্রায় হকচাংগী
শিংলী নাউবি পূম্বনা তিনশিনথ্রি
ইবমদমসিগী লৈশা লৈবোন্নুং।

চেনথ্রি তুবেল ওইনা
চীংলক মাল্লক ফাওনা
লোইজী লোইয়া থুংনা।

ইমা
নঙোন্দা লূপথ্রবা
ঈবৈ ঈচেল ওইথ্রবা ঐনা
থাদোক্লুনা কবম্না চৎখিনি
কৌথ্রুবু
থাংজিংবু
নোংমাইজিং চীংবু।

থেক-খোইববা
চীংনুং-মান্নুং খূল্লক খুনশাং
কয়া ফাওনা চেল্লিবা

ঐগী লাইবেন মথেক্কী ঈচেলনা
কবম্মা য়ৌবোইদগে
নুংশিববা মাও মবাম
কবম্মা থেংনবোইদগে
ঈং তম্মী খৌপুম, চান্দেল...।

নুংশিবনা ঈথক ইপোম হৌ
নীংশিংবা কয়ানা ঈবৈ ওই
তিল্লিনে
লোক্তাক্তা, ববাক্তা
অবোইবদা মপাল নাইদ্রবা সমুদ্র।

পুক্নিংগী লমখৈবু কদায়দা লৈবগে
নঙগী নুংশিববু কদায়দা লোইগদগে?
ইমা!

## অতিয়া

থৱানমিচাকশিংগী মীনোকশিং
যাম্থবি অতিয়াদা কুংনা
থাবলগী পাববা ফীজংনা
মীনোকশিংবু খনজিগ্গবি
লৈচিলশিংনদি ইপা পাখংচৈ
তাখ্রবদি হায়দুনা মীনোক অমতং।

ওম্থোক্লসু নুংশি হৈতেদা অতিযাসে
মীওইবগী হকচাংদা
থৱানমিচাক অমতং ওইববসু থোকহনবিদবা।

# লা অমসুং ঐ

অহীংদা
নুংথিলদা
অযূক্তা।

নুমিৎকী মৈশাদা
নোংগী নোংলক্তা।

ঐগী ইংখোল মতোন্দা
পাকথোক পাক্লা, লেক-লেক লাউনা
নোম নোম হাই হুন্নি নঙনা।

আ!
খীং খীং লাউদুনতা লৈনীংলিবা ঐগী ৱাখলনা
খল্লিনে নঙবু উবগা
নঙবু ঐবা
ঐবু নঙলা"

থাবলগী মঙালনা
অমম্ববু নমহৎতুনা
নথাদা যৈবদা

চেম্বুরক্কি লৃপা মহী
নঙোন্দগী ঐঙোন্দা
ঐঙোন্দগী নঙোন্দা
মহৌশাগা তোৎশিন্নরদুনা।

২

নোংমা খঙহৌদা
শীৎলকখি নোংলৈ নুংশিৎ অমা
কন্না,
মীৎ নাকোং মেনশিন্দুনা খাঙখি ঐনা।

ঙসিগী থাবল মঙালনা
মতৎ মতৎ শীংকূপ শানা য়াম্থবিবা, নহাক ফাওদুনা
ঐগী হকচাংদা তাববি ময়িশিং
শিববা লাইবেলগী মচুদা।

ওহ্'
ঐনা ঐবু য়েংজবা ঙমদ্রে
ঐবু মীবা
নৎত্রগা লিললা?

# ওভরব্রিজ

লমদমসিদা
লুচিংবশিংসে
দলান মথোল মথোলনি।

নুমিদাং
অহীংদা
দলানশিং
থেকথবক্লি কোম্বুবক্লি
ফজববী নুপী অমগুম
অমগা অমগা শম্নবকই মবী মবী
ওভর্বব্রিজগুম।

ওভবব্রিজদা
শকহেল্লবীশিং
কাব ওম্ফোক্তুনা থৌবি
যঙ যঙ
লুচিংবশিংনা
মথোযগী লৈঙাক্লোন ওইনা।

ওম্ফোক ওম্ফোক্তুনা থৌবি

লুচিংবশিংনা।

লমদমসিদা চাওখৎপসে
মখোয়গী দলানশিংদুনি
নুপীশিংদুনি।

অন্নাবনি
ঐখোয়গী প্রজাশিংসে
মীৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা খাঙলকপা কুইবে
চখম্লনা।

## কৈথেলসিদা

মমল তীক্লবখক্তদা
চোকথববা পুন্সি কয়া
চাইখাইদুনা তাবি।

ওইদবা ব্রাহৈশিংতনা শন্দোকখ্রি লৈচিলগুম
ইঙা ইঙেনগী অতিয়াগুম।

লৌনম তান্নবদা অমগা অমগা
লোনখৎনখ্রি শকখঙনদনা
অদুদগী পৎশিল্লক্লি
পুমথবক্লি।

পুমথববা নুপী কয়া
নুপা কয়া
হোতেলদা, পানদুকান্দা
ঙায়োনফমদা
মতূপ মতূপ।

পুন্সি হায়বসে কয়াদা নোক্লীংলবা
কয়াদা হোংলবা

অদুগা কয়াদা নমথীববা
মফমসিদা
থবায় অমা
নৎত্রগা হকচাং অমা
কবম্বনা হেল্লা লূম্বগে মনি বেগকা।

মনি বেগ
লল্লোনবীশিংগী থবাক্তা
ফিনুংদা
শকখঙদবশিংগী কা মনুংদা,
কনা কনাননো
থিংজিনখ্রি অসুম অসুম
হুমজিনখ্রি
অদুদগী লূখাককোম।

আ! মখা অমতা হায়নীংদে
য়েংনীংদে।

# মুশি মুশিরবা মৈরারা?

মঙালনা চেনখ্রি
নোংচুপ চীংদোন্দা
চীংদোনগী ৱাংমদা
অমম্বনা মশোং ফনগৎলদুনা
তান্নবি
নোংপোক্তগী
নোংচুপ ফাওবা।

অমম্বগী অকিবসিবু মপান নাইৱা?

ইমা
খোবী কৈথেল কাখিবা
শেন্দোং তানগে চৎখিবা
হল্লক্রবা নঙবু
উচান মৈবা পায়দুনা
হল্লক্লিবদুবু থমনুং লৈবাক্তবা
য়ূমদবা?

নোংচুপ চীংদোনগী
মমি শান্নবা মঙালসে

হল্লকখিনি হায়বা খূদমলা।

পুন্সি কন্যাবু ঙাইবনো?

পুন্সিনা নোংচুপ চীং পাংখ্রগা
মঙাল মশেক লোইখ্রগা
কদায়দা অমুক হল্লকপগে?

কৌবিব্য অসিবু কনানো?
ঐবু হল্লকপা ঙাইবিবা ইচাবা
নুপীবা?
কপ্লিব্রা
কৌবিব্রা?
ঐনা লাক্লিবসি কদাযদা?

অমম্বগী থোঙ মথং মথং হাংলিবা
কয়ানি হাংখিগদগে?
হল্লক্লিবা য়ূম অদুবু কদায়দনো?
থেংনবা কৌবা লৈতবা।

মঙাল অমা উবিনে
অথাপ্পদা
নোংথাঙলা
ঐবু ঙাইবিবা খাংপোক্কী মুশি মুশিববা মৈবাবা?

# অহীং

ঙবাং অহীং ঐ তূমখিদে।

নহাক্না লান হৌবকখিবা নত্তে
জাৎ কুচু মান্নদবগী নৎত্রগা শক্তি তান্নবগী
ঐসু খঙই
শক্তি হাযবসে পৈশাদা লৈতে।

লমদমসিদা শক্তি মুন্নবিবা তান্নবিবা
মসিদি শক্তি নত্তে
পৈশাগী গেমনি।

নহাক্না ঐবু যাম্না ব্রাহনখি
নঙনা হায়বকখি
"নুংশিবা য়াওদবা মফমদা লৈশিংনা ফৃগাইনা শাৎতে"
ঐসু খঙই
নুংশিনদবা মফমদা শাৎপা লৈবাংশিংদো
গন্নাগী লৈগুম্বনি,
গন্নাগী লৈশিংদা নুংশিবা ইতিহাস লৈতে
ইতিহাস লৈতবা মফমদা
মপূং ফাবা কবি শক্তিনো

লৈঙাক্রো?
ঐদি হায়গনি
লমদমসিদা শঙ্খীদি মবাঙ কায়
অদুবু খুঙ্গংগী মহৌশাদি উবা ফংখিদবা কুইবে।

ঙবাং ঐ ৱাখল য়াম্না থনখি
পূক্লিং নুংশিনা কপখি
নঙগী ৱাখলনা ঐঙোন্দা চঙখি
অদুবু ঐগী ৱাখলনা কনাদসু চঙবা ঙমদ্রি
ঙসিফাওবা।

লমদমসিদা থোঙ ময়াম শাবসু
থম্মোয় অমগা অমগা অমত্তা ফাওনবা ঙমদ্রে
হূবানবশিং নত্তনা।
হূবানবশিংনা অয়ূক নুংথিলদা ধর্ম্ম শন্দোকই
অহীংদনা মহীক শন্দোকই,
ঐখোয়গী লৈঙাকপশিংদা
অবোনবা শক্তিশিংদা
মহীকশিংগী মকোল ওইবি।

ঙসি অহীংসু ঐহাক তূম্বা য়াবোই
ঐ খঙই
নহাক্কী নুংশিবা ৱা তাববসু তাদ্রবসু
মবমদি

ঐঙোন্দা শোম্ভবগী অকনবা লায়না অমা নাবি।

লমদমসিদা নে তানা ৱাবী শাফম লৈতে
ৱাবী শাবা মহাক অদো বন্দীনি।

বন্দীবু কনানা ওইনীংবগে?

# দিপ্রেসন

চা গ্লাস অমতং থক্লগা পোথ্বানীংই
নতস্বাক্তা।

পোথ্বাজনীংবা মফম কয়া মোংফম ওনখ্রে।

মোংফমশিংসে চাওখৎপগী সিম্বোল অমবা
সিম্বোলসিদদি হবাও মীনোক তন্নীংদে
কলম পাযদুনা।

নতশ্বাক্তা ফজবা শৈবেং অমতংদি খন্নীংই
নুংশিবগী শৈবেং অমতং
শিবগীদি কৈদৌকনি
তগৎ তগৎ তেক্লিবা অশিবা হকচাংশিংতনা
কৃক কৃক ইন্নবি খুল কযাদা।

মী পৃন্নমক্কী কোক্কী মপাদা
অশিবনা উক উক উংদুনা চৎলি।

মসিবু কবিগীনো?

নুংশিজবী নঙগী মায়থোঙতবু যেংনীংই
তংদু লৈতাদ্রবশিংনা তনীকখ্রবা থম্মোযসে
অহীং কযানো মীবোৎকুম্না হিংলক্লিবসে।

তনীক্লবা অহীং কয়া
নুংথিল কযা
ঈবাং ওস্থোক্লুনা শান্ননীংই
নঙগী খজাইগুম, থবাক্লুম।

পুন্সি অসে অহীং অমত্তসু কেজবা ফংলক্লে
লান নংলবগুম
পাযবিবা কলমসিবু লানগী খৃৎলাযবা
ইশানা ইশাবু থিনদৎনবা'?

## পুন্সি - ২

ফল তাদ্রবা অঙ্ক ময়াম হোৎপদা
মম্থবক্লবা ঐগী পুন্সিসে
চোকথমল্লদুনা
লেঙ ওৎপা ঙমশিল্লক্লে
অদুনা ঙসিদি
লন্থীগী নাকলসিদা অমনবা লৈপুং ওইনা
হীকথদুনা তাবে।

মোংফম হায়বদো মসিবনে'?

## নহাকপু কদায়দনো

লৌবুক লমহাঙ চীংখোঙ চীংযাদা
নুংশাদা কোকযেৎ যেৎতুনা
হুমাংনা ফিমন চোৎতুনা
য়েলাং কেঙোয় হেক্লিবী।

কুঞ্জমালা।

নত্তে নত্তে
মী শাবা, মীগী ঈ থকপা
তমথীবা কনাগী খূৎতসু
নহাক্তি মীবেমখাক ওইখিদ্রি।

নহাক মনোবমা নত্তে
বোজ নত্তে।

নহাকপু কদায়দনো?

পুন্সিগী মল্লবা উমংদা
হকচাংবু কোকথক্তা হাপ্তুনা হাবিবা
মসিনা থবাক

মসিনা নীংদু
মসিনা চীনবান
থবাক্কী মমল
অহীং অমগী মমল ..
ও' ঐ খাওবা ঙমদে।

শহুবগী গল্লীদা
গল্লীগী কানুংদা
নহাক ওক্তবী ওইখিদ্রি।

নহাকপু কদাযদনো'?

ঈবাং থাংলম্না থম্মোয অসে অসুম অসুম কংশিল্লক্তে
নাকেন্থাগী উনাগুম
চীনবান অসে মুশুক মুশিল্লক্লি
পামজবা নঙবু থেংবা ফংদবদা খোইহীগুম
হূ তৈশিনখ্রববা পামজদবা মযাম্না।

নুমিৎ অসে অসুম অসুম লৈথখ্রি
ঐগী পুন্সিগী থৌবীসে অসুম অসুম কোনশিনখ্রি
ঐসে কয়াদা কংশিল্লক্রবা।

নহাক চৎলববা'?

পুন্সিগী পোৎলূম্না অসুম লূমথবক্কুনা
হিংববু শাথীনা নিন্দা তৌবিবী
মখোয় কযাদুগী খোঙচৎতা
চৎলববা
খম্মোয হীকথনা লেন্নানবা
নুংশিবা ঙমদ্রবা লমদমদূদা।

অদুবু পাকু
মৈনা মুশি মুশি ঙাল্লিবা
খোঙনাও মযাম্না হূবানবগুম লোৎশিল্লিবা
শহবগী ব্রোথেলদদি
নহাক যাবেক্কনু অহীং অমতসু
ননীং থুংদে হাযনা,
থম্মোযদা নৎত্রগা চীনবানদা
ঈবাং অমদি যুগী মনম্না
ওমখৎতুনা লাক্লিবা মখোযগী মথাদা
ওইখিনু মীৎকৃপ অমতা
চন্দ্রমুখী।

হে থম্মোয়!

অহীংসিদা কনাগী থোঙ্গান্দা নৎত্রগা কানুংশিংদা যেংলুগনি
থোঙ নমখায়দুনা,
মৈশিংনা ঙানবগা

মৈশিংনা মৃৎখিবগা
কবি মবী লৈনবগে থম্মোয় অসিগা।

নহাকপু কদায়দনো?

উনীংঙিনে ঐনা নঙবু
বসন্তগী নাকেন্থাগী অযূক অমদা হেক্তা
লীক্লানা চোৎলবা শুমাঙগী তুলসীবোংদা
মক্রুবা লৈবীকী কোকখুমফি হাইদোক্লুনা
ইপোম নাইনা লেপ্লম্বা।

হায়যু,
ঐবু কদোমদনো
নহাকপু থিবদা?

## পামজবা

অফাওবা ক্রিটিক অমনা নোংমা হাযখি—

ক্রিটিক ওইগদৌ শকক
ফজববী নুপী অমা ওইনীংই ঐদি।

অবাবনি ক্রিটিক!

ঐদি
ফজববী নুপী অমা ওইগদৌ শকক
ফজববী নুপীগা অহীং চৃপ্পা তৃম্মিন্ননীংই।

ওহ! শোয়খ্রে
নুংশিননীংই।

## খোঙচৎ

তোর্বান য়ৌবদা ঙাযবি।

ঈচেল কল্লবা ঈনৈগী শহুম্না
যৈবকপদা
খাঙবা ঙমদনা হাই হুন্নি উপাম্বী মচাগুম।

অয়ূকসিদা কৌবক্লি ইমানা
নহাক চৎখিনু
কোম্বোঙ রাংমা লানখিনু।

ঐদি খোক্লকবনি,
ঈবাওখোলবু কিবগা
ঈপাকসে কবম্না লাল্লোইদগে?

নোংলৈ নোংঙু লাকপদা
মহুমদা খোংলিবা উচেক মচাদো ঐহাক্লা?
ঈচেল ঈবৈ মবক্তা
লূপফেৎ লূপফেৎ তাউবিবা হিনাউদু ঐহাক্লা?

ঐহাক অমত্তা নত্তে।

তোর্বানসিগী ৱাংমদা লৈবি
ঐগী পুন্সিনা
খূৎ খৎতুনা কৌবি ঐবু।

ইমানা ঐবু কোনশিন্দুনতা থম্বিখি
অযূক্কী মথাদা
চৌব্রী চফূগী চাক ইনবিদুনা
অসুক কুইবসে,
ঐনা ইমাদা হায
নুংথিল য়ৌবক্লে ইমা
নঙগী চৌব্রী চফূগী চাক কবম্না চাখিনি ঐনা।

ঐ খঙই
ইমানা ঐগ্রোন্দ' চাক ইনর্বিবগুম
ঐনা ইনগনি ইচাশিংদা
নোংলৈ নোংজুনা কনশিল্লক্লবসু
ঈবৈ মযাম্না ৱাংখৎলক্লবসু
ঐগী লম্বীনিনে তোর্বান ৱাংমসে।

পুন্সি অসে
পাক্লবা ঈপাক্তা
অমুক লূপ অমুক ফাওগৎ
ঈবৈনা অমুক পু

কাওশীংদা অমুক য়ান।

ইমানা ঐবু কৌবকখিদ্রব্রা
তোর্বান্দা লেপ্পুনা?

ঈচেলগী মনুংদা ঈবৈ
ঈবৈগী মনুংদা ঐহাক।

নোংমা ইবেনপোক্লা হায়খি
পুন্সি খোঙচৎতি লেপ্লা লৈতে
অমম অঙানগী মবক্তা।

ঐদি অহীং নত্তে
অমম্বনা য়োমশিন্দুনা কিশি কিশিনবিববা।

চৎলিবনি ঐদি
চৎকদবা ৱাংলিবা ঐগী পুন্সিগী মনাক্তা
য়েংশিল্লক্লিবা ঈবৈশিং হাইদোক হাইদোক্তুনা
ঈথক ঈবাওখোলবু নমহৎতুনা।

পুন্সিগীদমক।

# ইম্ফাল : অয়ূক, নুংথিল, নুমিদাং

অয়ূকঃ
অতিয়াগী লৈচিলদা
মৈখূনা ফিবান চনখ্রি
বঙ্গলোশিংদা
ফিঙৌ শেংপীশিংনা লীকলু চোইবি।

ফজথোইববী
নুংশিথোইববীশিংগী অমৃত চুপ্তুনা
অহীং মীৎ কল্লা অমতা তূমখিদ্রবা
লুচিংবশিং
হৌগৎলক্লি মেম সাহেবকী ফমুংদগী
থোক্লক্লি তূম্না তূম্না।

নুংথিল ঃ
হিংবা শিবা তংখায় তংখায়গী লম্বীদা
থরায় কয়া চংলি
কৈথেলসিদা
খবনা পুন্সি য়োল্লি
খবনা হকচাং লৈবি,
অচৌবা লোয়শঙশিংগী কানুংদা

শকহেল্লবীশিংনা
জগোয শাবি মফি যাওদনা
ফাইল মনুংদা,
সাইবেন খোংবা গাডীশিং
হঙ্গৎ হন্দা
হঙ্গৎ হন্দা
অদুদগী বঙ্গলোশিংদা
থোক্লিবা নুমিৎপু কোনশিন্দুনা পুশিনখ্রি।

নুমিদাং ঃ
লম্বী থোঙসে কয়া ফজববা
শেমগৎ শাগৎপসে কযাদা য়াঙশিল্লবা
অবোনবা নুপীগী মাযথোঙদা
যুম্নুবেম্বীশিংগী থবাক্তা,
শান্তি লৈ
মচু কযাগী বল্বকী মৈশ্ঙালদা
অথনবা যুগী পাত্রশিংগী ঈথক ইপোমদা

নুমিৎপু পুথোবক্লি পূর্ণিমা ওইনা
পুশিনখ্রি অবোনবা কাশিংদা
অদুগা মৌ অনৌবী ওনথোকখ্রি,

মপানগী অতিযাদা
নোংলৈ নুংশিৎ তৌবি
থাক লাউবি।

## শৈরেং

পুন্সিগী মৈৰীনা
ঈংলবা থৱাংযবু,
কংলবা উনাগুম
চাকখৎলক্লবদা ফ্রুং ফ্রুং
মূখৎচৈ ঐনা
শৈবেং লাইজনা
পিবাংনা পাথোক্লবা মীৎলদগী শোক্কৎতুনা।

শেৎপা চাবা মনীং থুংদ্রবা
ইমুং মনুংনা শাগৈ নাতৈনা
হক্চাংসিবু শ্রু শ্রু নৈথোক্লুনা
চবা নোংখন্ননবা
কোযথি থিবক্লবদা,
অঙৌবা চেবাংদা
লৈবোং লোল্লিবা শৈবেংগী
ৱাহৈশিংগী মকমদা থূপ্পুনা লৈ ঐনা।

পুন্সি অসে
ইবা লোইদ্রিবা শৈবেং অমনি
নীংবা থুংদবগী।

## ঐখোয়গী মন্ত্রী

নোংমা
ঐগী য়ুমগী থোঙজিন্দা
লাক্লম্মী ইতে তেথবদুনা
চাক্লিবগুম ফিনিবগুম।

শোন্দুনা লৈবিবী ইমানদি হায
কন্না কন্না খোংলিবসিবু কনানো
য়ুমথংনবগী হূইদুবা?
ঐনা ইমাদা হায়
ভোট য়ৌবক্লে
গণতন্ত্রদদি
শা হায়বা লৈতে মী হায়বা লৈতে
হৌদোংনা নোংমৈ পায়বকপসু য়াই।

ভেন্দব অমা
য়ু খঙংদা ইবাক্লবি
নহা ময়ামগা লোয়ননা,
ভেন্দব ময়াম তুবেল ওইনা চেম্বক্লি

লম্পাক খবদি

নাকোংগী দ্রম কায়খ্রমাল্লে
শন্দুনা তাবি
নোংঙাল্লকপা অমা ঙাইদুনা লৈবি।

অরাবা ময়াম নুংঙাইবা ওহ্খোকখ্রি
নুংঙাইবা ময়াম থৌবীনা চিংখৎখ্রি।

খংমম মমশিলহৌই
খুম্তাক লানশিহৌই।

কুইববগী তুং
সাইবেন খোংবা গাড়ী মখোল তাখি
খুঙ্গংগী লম্বীদা।

শোল্লবী ইমানা হংই
শজিবু চঙলববা
নোংলৈ নুংশিৎলা'?

## নোংথাঙগী মঙালদা

শৃক তবেৎ মল্লবা অহীংগী লম্বীসিদা
নোংথাঙগী মঙালবু ফংননবা তান্নবি
অমুক্তং য়েংজননবা ইশানা ইশাবু।

তিংখঙ তুম্মৌ মবক্তা
ইখোঙনা নেৎশিঞ্জদুনা থোক্লক্লিবা ইশাগী ঈখেঙলক্তা
ঐগী পুক্নিংগী শেংলবা
শক্লোন।

ওহ্‌' মীৎমাঙসিদা শুকং কযাগী লম্বীতনা
য়েৎশিন্নদুনা লৈখ্রবসিদা
থম্মোযগী নীংতম্লবা মঙাল অদুদি
কয়াদা লাপ্না চৎখ্রবা'?

# মোংফম

লমজা ওল্লবা অমা
শন্দুনা তাবি লৈমার্যসিদা
পাউখুম যাওদবা হ্রাহং মযাম্না
ইকোয কোয়শিল্লদুনা।

মাযথোঙ অদু
আশা মাঙখ্রবশিংনা খুমজিনখ্রি।

ওহ! শক্তম অসিদি
মতমগী মীহুল যাওদ্রবা
লোকখাদা তাশিনখ্রবা মঙলান অমনি

লোকতা তাখ্রবা মঙলান্না
অহিংবা কবম্না ওইর্গনি
মোংফম নত্তনা।

মোংফম্নবু কবি তৌনবগে
নীংতম্ববু মোংফম্না?
লমজা শবা কয়া কয়া
শন্দুনা তাবি লমদমসিদা।

## নূং চক্রি

নূং চক্রি তক্লি ইমানা
খুবাম থন্না থন্না হাপ্লদুনা
চাবা অনীগীদমক
শুবি শুম্বলদা হন্না হন্না
খপ্ল খপ্লদুনা।

চবা অনীগীদমক
নোংমা নোংমগী।

খাঙবা ঙমদ্রে ইমা
য়েংবা ঙমদ্রে
নঙগী হকচাং চক্রীদা তক্লগা
নঙগী হকচাংবু শূম্বলদা শুবগা
চাবা নোংখন্নবা অসে।

## ঙাইবা

নঙবু অমুক্তা উনজগে হায়দুনা
সন্ট্রি ঙাক্লিবা থোঙ মপানসিদা
লেপ্পা কুইবক্নে ঐ।

অমুক্তা উনজগে হায়দুনা
লাউবতদা
খোঞ্জেল অসি তাবক্নে
মখোল থোকপা ঙম্নক্রে।

থোঙসিগী মনুংদা
খোঞ্জেল কয়া তাবি
শক্তিগী
মায় পাকপগী,
অনী থোকখি
অহুম চঙখি
অহুম থোকখি
মরি চঙখি।

লেপ্লম্বা খোঙসে তেকথবক্নে
নোংলৈ নুংশিৎ নংলবা অমনবা শঙ্গোলগুম।

অয়ূক অঙনবদা
ভিজিটিং কার্দ অমা পীশিনখিবনি
মখোয়দৌনা
মখোয় লোইনা চৎখ্রে
মীনোক অমমমগা লোযননা।

মমশিল্লক্লে
খীংলম্বা হকচাংসে চোকথবক্লে
লৈশৌ কাবক্লব্রা ঐবু
লৈপূং ওইবক্লব্রা'?

কবিগীনো
সন্ট্রিনা ঐবু চঙহন্দ্রিবা'?
মহাক্লা হায়
"লুচিংবনা নঙবু চঙলক্লো হাযবক্ত্রি।"

হে কবি
শাংলবা নঙগী হৌত্রবশিংদা
নাপল তৌদুনা হিংলকপা
ঙসিনা কদায়দা!
নাবক শীংলক্তা
অমম্বা অহীংদা
অঙাওবা অমগী খোঙচৎতবা চৎলল্লিবা'?

থেঙজিল্লক্লে
পুন্সিসে কুক কাবক্লে
অমুক্তদি উনজগে হায়বিযুবা।

নাকলদা উবিবা উপালশিং
নাকেম্বা কযা লোইখিদুনা
য়েন্নীং কযা হুনখবে।

ঐ লমদমসিগী কবিনি
অইবনি
মীৎকুপ অমতনি।

থোঙ গম লোনশিনখি
মৈ মূৎথৎখি
লেপ্পল্পা সন্দ্রিশিং লৈবম্বা মীওইশিং
নুংগী মূর্তি ওনখি থরায পান্দবা।

হে কবি
নঙদি?

নথন্নতবা মী ওইনা লেপহৌবিবসে?

# নুমিৎ অমদি ঐ

অমম্বগী লৈই মথং মথং মৃৎথৎলমদুনা
কোবৌহনবনা নোংপোক চীংদোম্দগী
অঙানবগা চীল্লোক্লবকখি
তিংথৌ মতোম্দা পকপা তনিক তনিক্লবা লীক্লা মবক্তা।

তাবকখি ঐনা মালেম লৈশাসিদা
থাবুম তবা নাউপুবদুনা ইমানা
শাগৈ নাতৈ ইপা ইমা পূম্নমক্কী
তনিক তনিক্লবা থম্মোয়গী মাঙদা।

অয়ূক্কী ঈংলবা কোবৌগী মঙালদা
তনিক্লম্বা লীক্লানা মাঙখ্রি
খোঙকাপ শুদনা থাংলিবা নাবাগী খোঙথাংদা
থবায়গী অফা অপুন্নবম্বশিংনা মাঙখ্রি।

কোবৌহনবনা চেনখৎলকই অতিয়া কোকলেন্দা
মৈশা পূম্বা যোমশিল্লদুনা
কন থৌববা লাম্মী ওইনা
ওইখ্রি অতিয়াসে মহাক্তগী,
ঐগী পুন্সি

অবা অনা পূম্বা নমখায়দুনা
খীং খীং লাউনা চৎলি অদুগা হায়বি
পুন্সি হায়বসে আশানি
থৌনানা য়োল্লবা শক্তম অমনি।

২

নুংথিল পোবোপতগী নুমিদাংৱাইবম
মতমবু ফাদুনা থম্বা গুম্বগে কনানা?

ওহ! কোবৌহনবা
লাক্লিনে নহাক
অতিয়া কোকলেন্দগী নোংচুপ চীংদোন্দা
মতমগী ফিজিন্দা য়ান্নদুনা
তাবমদাইগী স্নকল্পদা
তঙাংলবা মায়থোঙদা।

চৎখিনি ঐহাকসু নুমিদাংৱাইবম লমখৈদা
থৌনাগী শকফমনা মনখিনি হকচাংগা
আশানা লৈহৌনি মায়থোঙদা মযি ওইনা।

মঙালনা লোৎখিনি নোংচুপ চীংদোন্দগী
অমম্বগী লোকনুংদা
পুন্সিনা মাঙখিনি
কোঙ্গোলনা তাকখিবগুম ঈপাক্তগী।

অদুবু কোবৌহনবা
শৃক তবেৎ মল্লবসু অহীংগী ঙমখৈনা
পুনশিন্দুনা থল্লোইনে নহাক্তি
হল্লক্লবোইদবা ঐগী পুন্সিগুম
থবায়গুম।

নঙদি মঙালনি
অহিংবনি
মঙালনা কদাযদা মায়থীগনি।

## য়ূমজাও অমখক্তং

য়ূমফমসিদা
যুগ কয়া চৎকদবা য়ূমজাও অমখক্তং শাগৎলবদি।

পুন্সিগী শাংলবা লম্বীসিদা
তোর্বান কয়া নমখায়দুনা চেঙ্খ্রবনো
অনীংবসিখক্তনা।

য়ূমজাও অমখক্তং।

মবক খায় খায়দুনা পুন্সি কয়াগী
ৱাংনা ৱাংনা খাগৎনখ্রিবা শন্বলশিংসে শীথবদুনা,
ৱাখল থম্মোয়শিংদা থাগৎনখ্রিবা
য়ানদবগী লৈচিলশিংসে মাঙহনখ্রদুনা
ইখূৎশিংসে শম্লহল্লদুনা মবী মবী।

য়ূমজাও অমখক্তং শামিন্নববদি।

শাগৈ অমমমগী তোঙান তোঙান
নাইতোম নাইতোম চৎনখ্রিবা
খাংপোক অমমমগী ৱাবীনা

অমুক্তা শম্লবা ওমদনা তাম্নখ্রিবা অসুম
অসুক লাইবক থীববা শক্তমশিংসে।

য়ূমজাও অমখক্তং লৈববদি।

পুক্সিগী মায়থোঙশিংনা ফজবগী ফম্বাক্তা
কয়াদা ফুগাইনা শাংকায়গনি
নুংশি চান্নবগী তবংলবা অয়ূক্লা
পূক্লিং ৱাখলগী থোঙ্গালশিংদা
কয়াদা নুংঙাইনা শান্নগনি।

য়ূমজাও অমখক্তং।

নুমিৎ তাদ্রিঙৈসিদা।

# মমশিনগ্রবা মীৎলম

য়ুমশিংনা তেংথা নাওইবি পাঙ্গল য়াওদনা
চপ চপ লেপ্লি উপাল ৱাপাল
হীকথবদুনা,
কবিগুন্নদা হাই হুন্নি চন্দুৱা ওইনা।

হল্লকপা লৈত্রবা মচাশিং
ঙাইবি কোজ্হোংদা
থোঙজিন্দা
মমশিনগ্রবা মীৎলম্মা
মৈনমগী মঙালদা
আশাগী মঙলান্দা।

মঙলানশিংনা চৎখি অমম্বদা
হল্লকপা নাইদ্রবা আশাদা।

য়ুমশিংনা শমজিন্নখ্রি উপাল ৱাপালশিংগা
অদুগা অতিয়াগা,
মঙলানশিংনা শেমখ্রি লম্বী অমা
অদুগা অতিয়াদা।

অঙাংশিংনা চৎখ্রি লম্বী অদুদা।

মৈনমশিং অসিগী মবাল কবিনো
তপ্লা তপ্লা মৃৎখিবদা মৈবীশিংনা'?

## বসন্তনা লাকপদা

বসন্ত
নহাক লাকপসে
ঈবাং য়াম্না তৌনীংই ঐহাক।

চহীগী পোৎলম্না ননথবক্লবা
মতমগী চৈথেংনা মথি লাক্লবা
ঐগী হকচাংদা
মায়থোঙদা
শাৎকাযবদা ঙাযবিবা নৈগী নাচোম অমা
খংগী পীবকই নঙনা।

খূদোলপোৎসে নুংশিবগী অহীং অমনি।

অহীং অসিগীদমক
ঐগী মাযথোঙনা
অসি য়ৌনা কেকদ্রবসু
ঐদি খঙই
নৈবীকশিংনা মাযথোঙসে হান্ননা চামথোকখ্রে।

ঙসিসে ঐহাক্কী লুহোংগদবা নুমিৎলা?

মহৌশাসে
অসুক য়াম্না নীংথিনা শেংলি ইল্লিবসিবু।

নুমিদাংবাইবম নুমিৎকী মঙালদা উবে
লুহোংবগী ফিজোল শেংপী
কন্যা অমগুম।

মহৌশাসে কয়াদা লাইবক ফবিবা।

ঐ খঙই
ঐনা বব ওইবদো
মখোয়না কয়াদা য়েংনীংলিবা।

# এরোপ্লেন তোংবা

লৈচিলগুম্মা পাইনীংখি
চীংলোন তুবেল কয়া লান্না।

হে বাখল হে হকচাং
বাংলবা চীংদোন্দা নেৎতুনা
লৈচিল মবোলশিংদা চেন্দুনা
শকখঙননীংখি অতিয়াগা।

ঐ ঙমদ্রি
ওইহ্বি মঙ ঙাক্তা।
অদুবু ঙসিদি
চীংলোন কয়া লাল্লি
লৈচিলগী মথক্তা পাইহ্বি
জাতি কয়াগী কোকতোন্দা চৎলি।

হে থম্মোয়
নঙবু পেল্লব্রা
মঙফাওনবব্রা?

কবিগী হেন্নদুম কপ্লীংলিবা?

## অঙাংবা কুরাও মপাল

মকপ

শজিবুদা শাৎলিবা
ঐগী কোম্ছোংগী অঙাংবা কুবাও মপালসে
উবগা নঙবু তত্তনা নীংশিংই।

নঙনা অঙাংবা কুবাও মপালবু কয়াদা পামজখি।

নোংমা নঙনা হায়খি ঐঙোন্দা
"অঙাংবা কুবাও মপালনি ঐ
ফৃগাইনা শাৎলিবা।"

চাউথোকচদুনতা লাকখি ঐনা
কুবাও মপাল ওইনা শাৎখিবদা নঙনা
লোইজি লোইয়াদা চীংনুং মান্নুংদা।

খোইনীংনা নঙবুতা নুংশিবমগনি
উচেকশিংনা নঙবুতা মিতাবমগনি
কনাবু ব্রাৎখিবগে নঙগী
শাংলবা খোঙচৎতা।

মকপ

ঙসিসু শাৎলবি ঐগী কোম্বোংদা

অঙাংবা কুবাও মপালনা মনীং তম্না

শক্তিবুগী নুংশিৎতা

ওলাংথাগী অয়ূক নুংথিলদা

অদুবু

নঙদি লাকখিদ্রে অমুক্তসু

কুবাও মপাল ওইনা

অঙাংবা লৈ ওইনসু

ঐগী মীৎমাঙদা

নঙগী য়ূমগী থোঙজিন্দা।

হায়বদ্রে ঙসিদি

অঙাংবা কুবাও মপালনি ঐ

ফূগাইনা শাৎলিবা।

হৌজিকসিবু অহীংতা ওইবববা?

নুমিৎ থানা অতিয়াদা থোক্লববা

মহৌশাগী খোঙচৎ লেপখ্রববা?

নঙদি হল্লকখিদ্রে অমুক্তসু।

## কৈথেল লাইব্রেরীগী মীকপথোল

অনাবা শন্দোবক্কি হোস্পিটালশিংদগী
লমফেলদগী
পোবোম্পাংতগী
হেনগৎলক্কি হূবানবা
মহৈ তম্ফম অমদি ওফিসশিংদগী।

হূবানবা মকোক
ট্রেজরি
বাবুপবা
সেক্রেটরিয়েট, মথং মথং
য়ৌশিনখ্রে মখোয়গী শাংলবা খূৎশিং
লৈত-লায়রক্শিংগী নপ্পবা চাকখাউশিংদা
অঙাওবগী ফূরিৎখাউ ফাওবা।

ঙবাং অহীং য়াম্মা লাউখি কৈথেল লাইব্রেরীনা
য়াম্মা কপখি মথরায শোক্লা।

শিদুনা তাবন্লে নুপী অমা
ঙসি অয়ূক কংলা পার্ক মপান্দা
নোংমৈ মখূল কয়াগা।

হে ঈশ্বব

মহাক শর্মিলাবা?

# থোইবী

কবম্মা শিবন্নিবা নঙনা
মোইবাং কংলৈবোনদগী চেঙ্খোবক্কুনা।

নোংজুথা নিংথমথা যেন্নীংথাদা
থাঙ্গ চীংথক্তা
কাবাং চীংখোঙদা
কৈবুলগী ফৃমথক্তা
পীদৎ পাদৎপী ওইনা ইজৎ মাঙলদুনা।

নঙবু কনানা তেমশীংনবগে থোইবী'?

নঙদি তোনু লাইজিংলেম্বীনি
য়াইথিং কোনুনি
কাক্তাগী নুংশিৎ নাম্বিবনা যৈবদা
নিঙোলগী শন্নাংনা নুংশিৎকা লমজেল তান্নবিবা।

কবম্মা নঙনা
তাংখুল নিঙোল ওন্দুনা
তৌবুলগী পাৎপান্দা শিবন্নিবা।

তশেংনমক নহাক শিবববা?

পাৎপানগী অকোয়বদা হৌগৎলক্লিবা পাম্বীশিংসে
মোংফমগী হঙ্গাম পাম্বীশিংলা?
পাক্লবা ঈপাক্লা অসুম লৈত্রক চৎলক্লিবা
নহাক্কী হকচাং লৈমায়দা ফৌবিববা?

নহাকপু অশিবা ঙাবা
শেন্দোংগীদমক লৈবা যোনবগী?

নহাকপু পুন্নবা ঙাবা?

## ক্রিমেটোরিয়ম

ক্রিমেটোবিয়ম'

খুলশিংগী খুনজিন্দা
খুনয়ায়দা
খুন্দোন্দা
মচী মচীদা।

অনৌবা য়ুমশিংলা...?

অয়ূক নুংথিলগী লম্বীদা
নুমিদাংদা
ঐগী পুন্সিগী থৌবী অসে
চিংশিনথিবগুম তৌবিনে
ইশা খণ্ডনা অসুম অসুম।

অনৌবা শীংনাংশিংনা অবিবা ওইবকপদা
পীক্লিবা হঙ্গাম পাম্বীশিংনা মগাল শাবকপদা
ক্রিমেটোবিয়মগী অকোয়বশিংদা।

চিংশিনবা মানবতনি চংলিবনি ঐদি থাগ্না

ওন্ন তৈনবা মাযকৈ অমদা
ক্রিমেট্যোবিয়মগী।

নাপল তৌবি ঐনা
ঐগী মীৎকী মীৎলমদা
থরাযগী মমাঙদা
ক্রিমেটোবিযম কয়ানা জগোয শাবনসা।

নোংমা
ঐগী খুলগী খুনজিন্দা
ঙুং ঙুং চাক্লম্মী মৈনা অনৌবা ক্রিমেটোবিযম
মীনা ইকোয কোযশিল্লদুনা।

ঐগী পুন্সিগী থৌবীসে
খংচিং চিংশিনখিবগুম তৌবি মৈবঙ্গ
কল্লবা শঙ্গুম অমদা
লৈশিল্লদুনা উক উক
অবিবা শীংনাংশিং
হঙ্গাম মপালশিংদুগা লোযননা।

মৈঙাল অসে উবগা
কবিগীনো ঐনা
নাপল তৌজবা ঙল্লক্লিবা
থরায় অসে নীক্লক্লিবা?

চাক্লিবা হকচাংসিবু
কনাগীনো?

ঐগীবনে?

# জননেতা

মীশিংনা অতিয়াদা পাইখ্রি
ৱাখলনা লোকন্নুংশিংদা তাশিনহৌবি,
অতিয়াদা পাইবি
অমম্বা অতিযাদা
মফি যাওদনা
মকোক যাওদনা
শা ওইনা।

মীশিংনা কুইব কুইবগা হূই ওল্লক্লি
কৈ ওইবক্লি,
চীক্লবক্লি, খোংনবক্লি।

চীক্ল চীক্লনা ৱাংখৎখ্রি মখোয
মকূ হুব হুবদুনা।

জননেতা
নহাক্কী শেংলবা মূর্ত্তিদা
নহাক্কী পাক্লবা যূম্ফমদা
য়েংলমদে মখোয়
লেপ্লমদে ঙাইহাক্তসু।

নঙগী কখোকপগী শাংলবা লম্বীদা
মমি থল্লমদে খোঙফম অমতংগী
নীংতম্বা পাম্বা
চাওখৎপগী মঙলান্দা
লূপ্লমদে ঙাইহাক্তসু তশেং তশেংনা।

মখোয় পূম্বা এবোপ্লেন ওইনীংই
মখোয় পূম্বা বোকেট ওইনীংই
চীংদোন্দগী লৈচিলদা
লৈচিলদগী
অা কদাযদা'?

হৌবকফম পূম্বা কাউথোক্লদ্রা?

ইবাবত
চীংলৈবাক্কী লৌবা যূম্ফমশিং
কনানা শেম্বিগনি
মোংফমদগী থোক্লক্লা নাহাক্লা
শেন্নাজৈবসি নাঙনা।

## মঙাল লাকপা ঙাইবা

অহীং কয়া
নুপীনা ঐঙোন্দা তোয়না হায
নহাক্লা ঐঙোন্দা
অমুক্তসু নুমিৎ ওইবা ঙমদে
থাশিগী অহীংবু কনানা পাম্বগে?

মহাক্লা মখা তাই
পুন্সি হাযবসে অঙানবদুনি
অহীংদু নত্তে
নঙনা হাযবদায় ঐঙোন্দা
পুন্সি হায়বসে য়েন্নীংথানি
অনৌবদুনি
পূন্নমক নঙোন্দা অমতসু যাওদে।

ব্লাহৈগী পত্তুর্মশিংনা
চক চক থিংজিল্লকই মশীং খঙদনা
ঐগী কোক্তা
শিগদৌববা অমগুম পাঙ্গল য়াওবক্তে।

তুম্লিবা ইচাশিংগী মাঙদফাও মায় অসি

থাঙ্গৎপফাও ঙল্লক্তে।

ফজখ্রবা নৎত্রগা ফজদ্রবা ব্রাহৈশিং অসি
মহাক্কী কোক্তা কবম্লা মকোল শাবল্লিবা
লুখ্রবা নৎত্রগা কিখ্রবা ব্রাখল্লে'নসি
মশা পান্দুনা শাখপ তোযখ্রবদি!

মহাকপু
ঈবাংনা নীক নীক লাউনা পাথববা হকচাং অমবা?
পুক্সিবু হঞ্জিন হঞ্জিন চাংয়েং তৌবিবী
নুপী অমবা?

ঐগী নুপীগী থশ্মোযনুংদগী
অচৌবা লান অমদি হৌবি।

লালহৌ অমা
নুমিৎ খূদিং
লৈকায
সমাজ
অমদি মহাক্কী মমাঙদা
মীচেন অমা ওইবকপগুম তৌবকই ঐ।

ঐবু মীচেল্লা?

নোং হেক ঙানবদগী
নোং হেক ঙান্দ্রিফাওবা
মহাক কনানো
মহাক কবিনো থিবতদা
অসুম অসুম লাপথোকচবক্লি ঐনা মঙোন্দগী।

ঐনা খল্লুই
পুন্সি হায়বসে নুংঙাইববা মশাল্লা অমনি
শাংলবা খোঙচৎ অমনি
অমুক মন্বা
অমুক ঙানবা।

মশাল্লা ওইনা উবা ঙম্লক্তে
খোঙচৎ অমা মাল্লক্তে।

মঙাল হাযবনা কবি
থাশি হাযবনা কবি
যেন্নীংথা হাযবসিনা কবি''

অহীং কয়া তূমদনা
মীৎ উইশিন্দুনা
ৱাখলগী মঙ মঙবা কুইবক্লে
হূবানবা অমগুম
তূম্লিবা ইচাশিংগী মনাক্তা

নুপীগী মনাক্তা।

ঐবু হূবানবা অমবা?

চিংনবগী লৈচিলনা
মপৈ অসুম ওল্লক্কিবা
অসুম মুশিল্লক্কিবা?

মসিবু অহীং হাযবদুবা?

ঙবাং অহীং ঐগী নুপীনা হায
অহীংগী ফজবা লৈ
অহীংগী অকিবা লৈ
অদুবু
অহীং হাযবসে যাম্মা পাল্লক্লে
অহীংনা পুন্সি ওইবা য়াত্রা?

হে ঈশ্বব
মীৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা
নাকোং মেনশিন্দুনা
নোংঙানবা ঙাইবিনে ঐ
মঙাল লাকপা।

চহী কযানো ঙাইগদবা?

## নঙোন্দা

লম্মাঙনববী ওইখিদ্রি।

শীংনবগী নোংলৈ নুংশিৎনা
মায়কৈ থুংনা ঙাওনা শীৎচিল্লকপদা
চীংলৈবাকসিগী লময়াযদা।

চীংখোঙ চীংয়াং
তম্পাক তময়াশিংদা
লমগী লাম্মেনা লাউনা খোংনা মৈরায়বক্লবসু
মায়কৈ ঙাওনা চেনখিদ্রি নহাক।

মতমগী শঙলিংবনা
অহীং ওন্দুনা
লমজাও খোয়া লাকপদা
অমম্বা ফৈজূপ্লা
যূমথোং যূমথোংবু শূপচিল্লকপদা
থম্মোয়গী মৈবা থাঙ্গৎতুনা
মঙাল লাকপা ঙাইবিবী।

রাশক চেৎনা

## নঙগীদমক

খঙহৌদনা মমশিল্লক্লিবা নোংহৌবু পুবদুনা
মঙাও থীনা শীৎলক্লিবা নুংশিৎ মব ভুদি
য়াওবক্কনু নঙ
নঙগী শল্লাংশিং মচোই মচোই
ঐগী ইথাদা তাননবা।

নঙগী ৱাখলদা
নাকেচ্ছা অমত্তগী মঙ মঙখিদ্রি ঐনা
অশীৎ অৱাঙ্গাগী
অকংবা ঊনা অমতসু
খুন্নীংলুদ্রি ঐ, নঙগীদমক।

ফূইনা হৌবকপা
নোংখোঙ তোযববা
অখাক অবাওতনা থল্লবা
অদুগুম্বা অতিয়াদুদা
য়েংনীংলুদে, নঙবু লৈৱ্রা
ইওক অসে থাঙ্গৎতুনা।

তেংথা নাওইবিবা

মীকপ মীবাওখোলতনা থল্লবা অতিয়াসে
নঙনি হায়বক্কনু।

থাবলগী অহীংদা
থব্রানশিংনা নীক নীক লাউবিবা
অদুগুম্বা অতিয়াদুদা
নঙতনি ঐনা উনীংলিবা
ঐগী থম্মোয়দা হাপ্লীংলিবা।

# ইখৌলাংবা

ইখৌলাংবগী
খৌগংনববা লৈতঙ্গায লম্পাক অমা
পাক চাউনা শন্দোক্তুনা লৈবি ঐগী থম্মোযনুংদা।

যেন্নীং ওইদুনতা লৈবিবা ঐগী মীৎসিদা
নীংথিবী অমতংনা ফৎ-লান্না চৎখিবদা
ঐগী লৈতঙ্গাযসে হেন্না হেন্না চেৎখায়বকই।

ঐগী মীৎলমসিদা
ফৎ ফৎ নোংমা কযা যাম্না
নুমিৎ কযানি
চহী কযা
পৃথিবীদা লৈবিবা ফজবী নীংথিবী পৃম্বসে
লোইনমক হেক ওইববদি ঐগী।

আ! ওইববোইদবা মঙ অসিনসু হেলহল্লে হেন্না
ইখৌলাংবসে।

মীৎ অনীসিগী মমাঙদা
থাশিগী অহীং অমগী

সিন অমা খংচিং হেক চিংশিনহন্নীংই
মদুদা কোকপা ঙমদ্রগনা
কৈথেলদা ফংবা থৌবী ময়াম্না
থম্মোযগী লম্বীসে
কোয়েৎ কোয়েৎ য়েৎশিল্লগা
অবৈবা পাম্বৈদা চিংহন্নীংই
ক্রক
ক্রক...।

মসিদা ফৎত্রবদি মকপ
থাদোকপিথ্রো ঐহাক অসে
উচেক্কুম্না
লৈচিলগুম্না অতিযাদা
নৎত্রগা
কৈথেলদা।

# নুংশিবগী মচেৎ অমা

লাংবনগী ফৌনাশিংনা লেঙ লেঙ চৎতুনা
মমূন ফাবক্লবসু
থেক্কোই-নাকোয়নববা লৌখোঙশিংনা
মবূক হাপ্লক্লবসু
মমুন ফাবক্লবা ফৌশিংনা
সনাগী লীক্লগুম হাই হুন্নক্লবসু...

নহাক্তি লাক্লিদনা।

চীংশাংনা খল্লিবা অসোম ব্রাংমদা
ঐবু নীংশিংবিদুনা
নঙগী থম্মোয়নুংদা মফম অমতং কল্লন্নবদি
চীংলোন লান্না ঐনা উবোক্লুম্মা
ঙাংলৈনববা লৌবুক লমজাও থাদোক্লন্নগা
পাইবক্কনি
চীংদোন কূপ্লিবা লৈচিলগী মাঙ থাবদুনা।

অদুবু নঙদি কবিমত্তা হায়রক্তে
লৈবোল চনগ্লবা ইতিহাসকুম
ঈবোন্নুংগী নূংফালগুম।

ঐদি লেমলৈ ঙা নত্তে
ঈবোন্নুং লৈবোন্নুং
চৎলুগনি কবম্না, থিরুগনি নঙবু
ইখৌলাংলবা থম্মোয়সে
ইয়াং য়াংনা পুদুনা।

য়াওশ্রববা নঙবু নোংজুগী অতিযাদা
নংত্রগা
ঈচেল অমগী তোবৈদা
পন্থুং ঈপাক থিবিবনি হাযদুনা।

## পুন্সিগী মশক

পুন্সি অসি ইয়ান য়ানশিন্নবকপগুম তৌই
অমগা অমগসু
তাইবংনি খন্না থৌনা লৈকব্বা
মঙ হেক্তা ওইবম্মী অশিবগুম লেঙদ্রবা
অশেংবা লম্বীনি খন্না
পূকচেল শেংনা চৎলুবা
পৃথবম্মী নোবোক কোমদা
ইশা খঙদনা হেক্তা
য়েক্লবনা মকপ শাবদুনা।

পুন্সি অসি অসুম্মা অসুম চৎলিব্রা
অতেকপা গাড়ী ঈনবগুম
পুন্সি অসি অসুম্মা অসুম লোইবদ্রা?
অমনবা য়ূম্না তেকথবকপগুম!
অমনবা য়ূমগীদি নীংথিববা ইতিহাস লৈ
অহনবা ওইবিঙেগী।

